

"কথোকচবা"

সাহিত্যগী মণ্ডল তাকপীরবা
মতম কুইনা নিংশিংকম ওইরবা
শরুনিকুমার— হে তাচৌ নঙগী নকাদা
হাপচত্নুনা নিঙশিঙজবগী পাম্নাদা
লৌনম চাওবী লৈরাংশে মতিক চাত্রবা
উৎচরি নোপুন্না মিৎয়েঙ তাবিনবা।

ননাও -
সোনা
তাং ১২। ৩। ৪৪। ইং

# ৱাহৌ'দাক

লৌনম চাওবী লৈয়্যাং অমসুং মহাকা লোয়নরিবা লৈরাংশিং অসি খৃঃ ১৯৪৪ দা ঐগী হায়স্কুলগী অরোইবা চহিদা ইখিবনি । মতম অন্নক কুইরবগী তুংদা কোংদোকচদ্রুনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী কোচিন অমদা মীনা উবিরবনু উবিদ্রবনসু লৈজবা ফংজরে খঙবদা [illegible]হিবা ফংজে ।

কনাগুম্বা সাহিত্য প্রেমী অমনা শান্তি হায়বদু কনাইদা লৈবাগে থিরকলবদি মিকুপ থরদা ওইরবনু লৌনম চাওবী লৈরাংগা উনদ্রুনা ৱাহৈ অমা অনিতং হায়নবা ফংবা মতমদা লৌনম চাওবী লৈয়াংবু থাজরুবগী মহৈ য়ানবা ওইজগনি ।

এলাংবম সোনামনি সিংহ
মে, ১৯৬৭ ইং

সন্ধ পুন্বা লাইরিক ইজবগীনি

লৌনম চাওবী লৈরাং

স্মৃতি চিহ্ন'মা

শিবা

শরদকী পূর্নিমা

মুংশি মৈচাক

নিদ্রা

লাইবক থিবী মুজা

বসন্তগী লৈরাং'মা

কনানো নুঙবু শকহেনবী

খোইমু অমস্তুং অপোম্বা লৈ

চেকশিন্দবী মৈতৈ সাহিত্য

দুংশি তর্পন

মতম

মপোক থঙ্‌বী চোঙা'মা

নিঙ্‌শিঙ্‌জবা

---

(১)

# লৌনম চাওবী লৈরাং

মতিক চাওবী লৈরাংনি ফজরবা
মতিক চাদবনি সংসারদা হৌবা ;
ফুক্কুনা লৈরাং চারদো নুংশিবী
পুক্লবনিনে স্বর্গদা মহাক্তি ;

কায়দোংফম খঙজদরবা
খোইমু অমখক্তি কণ্ডাওনরবা ;
ভক্তনা পাইরি পোথকম খঙদনা
মালঙসিদা থল্লবা অঙকপনা ॥

অনৌবা শিঙেল অমনা
ওমদ্রে মাগী থম্মোয় ফাবা
ফজবা লৈরাং কয়ানা ;
অরেম্বদা হোৎনৈ ওক্ষনবা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

স্বর্গগী অমরাপুরদা
হৌরবী লৈরাং নিংথিবী ।
খোয়মুশীংগীদমক্তা খনবীয়ু অমুক্তা
কাওরবরনে মাবু নিংথিবী ! ॥

লমথুংকম খঙজত্রবা
নুংশি মৈশানা কাহংলবা
খোইমুশিবু অমুবা
অমুক্তা খনবীয়ু নুংশিবী ।

সংসারগী লাওল লৈকোন্দা
মতিক চাত্রবসু হৌরুবা
থম্মোয়গী ঈংল' লৈকোন্দা
য়াদবরা 'নিঙ তম্না শাংপা ?

নুঙাইবা কয়া হৌরবা
( থল্লুবদা ) খোইমু'সিনা রারবা
রাখলদি কুম্বংনথরে
রাবনা লাইজ শিম্বরে
হিক্লা হিক্লা কপ্পকলেনে ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

খোইমু'সিগী অৱাবা
স্বর্গগী খোঙনা থংখিবনা
উদ্রবরনে মুংশিবী ?
( নত্রগা ) স্বর্গদা লৈরে হায়দুনা
( মাবু ) কাওরবরনে নিংথিবী ?

ইমা নিদ্রাগী লৈকোন্দা
হায়রম্বদাইনে নহাকনা
"পাম্মু' নংবু উদবদা
কংশিল্লকলে লৈরাং লৈনা ।"

লাকনিংদুনা ননাক্তা
চাওর' সংসার লৈকোন্দা
মরায়বক থীর' খোইমুসিনা
লৈরাং পুখিফম য়েংজবদা
অমম্বনা কুপখিবনা
পুন্সিসিমগী মমুংদা
থাজদরে উনি হায়বা ॥

অসি ৱাবু থল্লুবদা
অৱাবনা থনখিবনা;

## লৌনম চাওবী লৈরাং

তা-না তানা তারক্করে
উনা উনা-উরক্করে ।

( অদুন্ ) মতমগী ঈচেন্দা তাওদ্না
যমরাজনা লমজিংবীদুনা
পুন্সিগী হিনাওবু হোন্দুনা
ননাক্তা লাক্কনি খনবনা
অমদি স্বর্গগী লৈকোন্দা
শান্তিগীদি ছায়া 'ঙংদুদা
য়োংগনি হায়না খনবনা
অমুক উগনি নীংজরদুনা
খোইমু অসিগী রাজরবা
ওইজরিলে পোখ্বানফমদি ॥

---

ইম্ফাল, তাং ২৩, ৩, ৬৫

( ২ )

# "স্মৃতি চিহ্ন'মা"

থম্মোয়গী মুংশিথোইরবী
মতম কুইনগী তুংসিদা
চঙলুরে নঙগী কুঞ্জদা ;
( অহুবু ) নঙদি লৈরমদ্রে নিংথিবী ;
 মাবনা থল্লে থম্মোয়দা ।

কুমজা কয়াসু হৌখরে ;
নিংথিবী নঙবু উ'দরে,
উররোইদ্রা অমুক হন্না
মাঙথ্রবা মিত্তগী লোন্না
 কংলরোইদ্রা সংসারসিদা ?

উরুবদা স্মৃতি চিহ্ন
কায়দোরেনে ঐগী থম্মোয় ;
লাইজ শিন্থরেনে থরায়—
"মুঙাইবা কয়া হৌথ্রবা
 অমুক কংলয়োই খনবদা ।"

লৌনম চাওবী লৈরাং

কায়রবা থম্মোই লকাদা
অমম্বগী শকফমদুনা
কিহল্লোইনে কৈদৌনুংদা ;
তমথিরবা নিংশিংবনা
লৈর'নি কাওভমদ' থম্মোয়দা ।
মাইথোং থাজদি উররোই
ফজ' শকফম্না শুমহংলোই ;
অমম্বা মীগী থম্মোয়দা
নিঙবা কায়রবা শকফমনা
কাহল্লোইনে কদৌনুংদা ।
পূন্সিগী মুঙাইবা 'য়ুক্তা
অমম্বগী ঈচাও'দুনা
পূখরে ঐগী মুঙাইবা
যৌবনগী মুঙাইনবা
ফজ' শকফম 'মা থরায়দা
তাও'খরে ঙক্ক' 'রৈম্রিদা ।
হায়বীয়ু, হে সুধাকর !
নহাক্না শেন্না ঈরৈবি,
খঙলমগনিংলে, নহাক্কি,
চংনরূগনে কদায়দা ?

## লৌনম চাওবী লৈরাং

ঈরৈসিদা তাওরদুনা
পূব্রে লৌনম চাও কনানা
শেংনা তাকপীদু ঐরেঙোন্দা ,
কির ঈরৈসিনা পুদুনা
চংলিখরা অকাওবা সমদ্রন্দা ?
স্মৃতি চিহ্ননা মাঙগ্রগা
কল্ল ঈরৈনা পুশ্রগা
অহোংবা রাখল অসিনা
নিংশিংবদো মতম কুইনা
থন্দা ঙমলোই পুক্লিংসিদা ।

ইম্ফাল

তাং ২৩, ৩, ৪৪

---

* শোক ১৯৪৪ গী সেপ্তেম্বর থাগী অপোকপী পত্রিকাদা ফোংখিবা

## ( ৩ )

## "শিবা"

হে ঙুংশি হৈত্রবা !

নহাক্কী খার' মিংয়েংনা
িংথিরবী লৈরাং কয়া কয়ানা
শাংখিদরে মতম চানা
কেনগ্রে পত্তনা পুমনা ।

হে লৌনম চাওরবা !

নঙগী লৌনম্বা লাংদা থুরুহুনা
ফজরবা পোম্বী কয়া কয়ানা
'মুক হল্লকপা য়াদহুনা
ওনগ্রেনে লমগী চেক্লা ॥

হে পুকচেল চাওরবা !

নঙগী থৌজালনা থল্লবা মিংয়েংদা
নহাক্কী ঙুংশিরবা নখুং'ঙুংদা
নিংথৌ কয়া' মতিক চাওরবা
হেন্দেনে লৌউবদগী লায়রবা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

হে থৌজাল হৈরবা·!

নঙগী থৌজালনা চূম্নবা মিংয়েংনা
নহাকী নুংশিরবা চায়োক্তনা
জীব কয়াদা ন্নারবা
পীবি শান্তিগী নুঙাইবা ॥

হে কারাম চাওরবা !

পৃথিবী মাতাগী মচা নুংশিরবা
অনৌবা লৈরাং কয়া ফজরবা ;
পেনবা নাইত্ত্রবা নখুৎনা
লৌশিল্লি 'তংপা লৈতনা ।

হে তমথিরবা !

নঙগী লৌনম্বা নখুৎনা
নঙগী তমথির' নশকনা
( মথাদগী ) শ.ংলি মচা নুংশিরবা
খংহল্লি নওংনা কিরবা ।

হে থৌনা ফরবা !

উবদা নংগী হৈশিংবা
যোদ্ধা কয়া হৈশিংলবা
খাওই "ইমা ইমা" হায়না
হায়জেনে কনবীয় হায়না ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

হে নিংথিরবা !

কৌবদা নখুং হত্তুনা
অচৌ পিশক্তৌ খায়দনা
লাক্কবা নঙগী ননাক্তা
ওমদে কনাসু সংসারদা ।

হে লৌনম চাওরবা !

নঙগী লাংদা থুরোইদবা
কনা লৈবগে সংসারদা ?
নোংমা নত্রসু নোংবদি
থুগাদবনি নঙগী লাংদা ।

---

*

ইম্ফাল,

তাং ২৭, ৩, ৪৫ ইং

---

* শোক ১৯৪৫ গী আগষ্ট থাগী "অপোকপী" পত্রিকাদা থোংখিবা

( ৪ )

## শরদকী পুনিমা

পুর্নিমাগী অহিং'মনি
ফজরবা মতম 'মনি,
অতিয়াদা নোংপোকথংবা
থোরকলে থাজ ফজবা ।

মাগী আমৃতনা ঈংলবা
থুম্মংলে সংসার ফজরবা,
কৈথেল মুপী কয়া কয়ানা
চংলিনে ময়ুমনাক্তা থুনা ।

নুরবা লাইজদা তুরেলগী
শান্নরি সুধাকর হরাওনা;
মালয় নিংথৌগী চতিনা
লৈরাং খুদিঙ চঙলক্লা

ভয়লিনে মবুক্তোগী প্যাও
থৌগললি মন্নুংদা ঈচাও ।
লূপাগী থাকল মখাদা
ফজরবা খোংনাং মখোঙদা;

কমলময়ই দৃশ্যসি য়েংহুনা ;
উবদা দৃশ্যসি ফজবা
মাওগী রাখলনা থলহুনা
তিল্লরেনে মুভাইত'পুখা ।
"মুংশিথোইরবী শকহেনবী
নিংথিজরবী মাইথুম্বী
মাগী ইনাওগা লোয়ননা
দৃশ্যগী ফজ' য়েংহুনা
অসিগুম্বা অহিং'মদা
লওনরম্বা লোয়া লোয়া ;
উররোইকো খল্লুবদা
থল্লেনে পুক্নীং রাবলা ।"
অহিংদা শাংপী লৈরাংগী
লৈকা খুদিঙদা চঙহুনা
চরায়রবা থোইমুগী
পোশাকম ওইরি মুভাইনা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

উপাল রাপাল পূক্না
তুমিন তুমিন্না লেপ্তুনা
মৌনি ব্রত কত্তুনা
তৌজরি ঈশ্বরগী অরাধনা ।

তত্না চেল্লিবা তুরেলনা
তাবদা মালয়ানা লাঙ্বা
হায়রিনে অতৎপা লৈতনা
"থুগাইরু অহিংগী অচিকপা"

লৈনম হুগে লাকপদা মালয়ানা
তুমদ্রি লাত্তরি অকংবা উনাশিংনা
দৃশ্যসিনা, অরাবনা থলহল্লীনে পুক্নীংদা
চিংশীনবীনে নত্রবা রাখলতুদা

শান্তিনা শুক্ষং' ঙমদ্রবা
নিদ্রানা থেম্বা য়াদ্রবা
ঙুংশি মৈচাক্লা চাক্লবা
কপলি থম্মোয়'সি রারবা ।

অসুকী মতিক চাওরবা সংসারদা
সুভাইবগী ঙমখৈ লৈত্রবা 'হিংসিদা
সুভাইনবা'ফম, হরাওনবা 'তম 'মত্তা
লৈতে করিসু' ফংলোই মপোক'সিমদা ।

ইম্ফাল    তাং ১, ৪, ৪৪ ইং

---

( ৫ )

## "নুংশি মৈচাক"

অনৌবা শকফম উবদা
নুংশি লাংদা থুরবদা
নুংশিবগী মৈচাকসিনা
প্রলয়গী মৈরি ওইহনা
পাখঙ থম্মোয়বু চাক্কবা
কনা লৈবগে সংসারদা ?
তাইবং মীওইবা অপূম্বা
যৌবনগী মতম য়ৌবদা
নুংশি'গী লাংদা থুদবা
কনা লৈবগে সংসারদা ?
নুংশি লাংদা তমথিরবা
থুর' হে পাখঙ্ নিংথিবা
রাজনে খাঙবা থম্মোয়দা ?
পাল্লবদা নুংশি তেন্না
তেনগী চৈনানা কনবনা

## লৌনম চাওবী লৈরাং

মমগনিনে সংসার অসি
(শুন্নবা বাংলা), থনগনিনে থম্মোয় অসি ।

মুংশি লাংদা থোকফম খঙ্দ্রবা
থুরবা মীদো লাইবক থিরবা
মীগী ওইক্রবনি মাগী থব্বার
চিংনবনা থনগনি মাগী থম্মোয় ।

শুম্মৎপদি মুংশি মৈচাক্না
ফজবা থাবলনা, অচিকপা অহিংনা
শুমদেনে থম্মোয় ফাবা
ওইহল্লি বাখলগী য়েক্লবা ।
চৎলে চৎনা মখল্লি
ফমলে ফম্না মখললি
মাঙ্বা নাইদে অচিকপদা
হেন্না চাকই থম্মোয়দা ।

পুনবদি মুংশি থৌরিনা
ককপা শুমলোই বজ্রমকনা
লাপ্লগা পুল্লি হেন্না কন্না
নক্লগা পুন্দে অদুক কন্না ।

## লৌনম চাওবী নৈরাং

উনদ্রপা খাঙমদবা
উনরপা শাওনিংবা
য়েংলগতা নুঙাইবা
য়েংনদ্রপ৷ কপ্পবা ;
নুংশিবগী হৌনশারা,
চান্নবগী খুদমলা ;
ভাইবংপানগী জীবনা ;
খাদোকপা ঙমদ্রবরা অমুক হন্না ?
"য়েংদনা য়েংবা, উদনা উবা
উ-না উ-না মিত্থাংবা
তানা তানা নাপঙবা ;
নুংশিগী মিংচি লাংদা
থুরুববা হে পাখঙ লাইবক থিরবা !
তরা নুকোই নিংথিবা
'মানা নিংথিনা থেনগংপা
খোয়দাদ্রবরা থঙ্খোয়দা ?
থৌজাল হৈবী নিদ্রানা
পুকচেল তপ্পী শান্তিনা
ঙমদ্রবরা নাওশুম্বা
ঙমদ্রবরা থেমজিনবা ?

## লৌনম চাওবী লৈরাং

মুংশি লমন খুমত্রিদৈ
চিংনবনা থল্লিদৈ
করম খাঙ্ই অন্নাবা
য়ারবরনে থম্মোয় পুবা ?

থম্মোয় ইরাঙ হৌহনবা
মুংশি মৈচাক্লা লাঙ্হনবা
মথক মথা ওলহনবা
করম খাঙ্গেনে নিংথিবা ?"

"হে পোমশাংনরিবী শকহেনবী !
নথঙ্লেন নমান্ নচাগী
পাম্মু লমন্ খুন্নদা
মুংশি য়াশক ঙাকপদা—

নঙ্গী'মক্তা খনবদা ঙাওরবা
নপাবু'মতা ঙায়জরবা
মুংশিত্রবরনে শকহেনবী
থাদোকপা ঙমলগদ্রা নিংথিবী ?

ময়াম সভা গুনচেনবা
নুংশি মৈচাকনা কনবনা
কাওখিত্তুনা ইকাইবা
খল্লবরা করিস্সু লৈতে হায়না ?

নপাম লমদম নিংথিবী
মনিপূর কৌবী নুংশিবী
মপোকসিগী থা-হুনা
চীংলোন মাপল লান্দুমা

ঙমলগদ্রা চংখিবা ?
নুংশি মগুং লাংগীনি
ঙমগদরা মীচেং চাবা
খনদ্রবরা কপকনি ?"

অচিকপদা উমবা
নুঙাইবনা থশ্মোয় থমবা
উখিগনি থমবদা
য়েংঙ্রবোই নিঙবদা ;

## লৌনম চাওবী লৈরাং

চিংনবনা থম্নবা
অরাবনা মিপাইবা,
অরাবগী মশকনি
মুংশিবগী মায়ানি ।
মুংশা মপী হোনবনা
হুমাং 'নপ্পা কাবনা
মুংশিরবা মীশিংগী
অরা পোথানফমনি ;
মুংশিবগী শাইওন্নি
মুঙাইবগী তুংনফমনি ।
শিরোল কয়াম্থু হৌখিসন্থু
অলাথা কয়াম্থু নংসন্থু,
সংসারগী মখুংদা
মুংশি মৈচাক্তি তমথিরবা
মাঙলরোই কদৌনুংদা
লৈরগনি মতম পূম্বা ॥

ইম্ফাল,
তাং ৪, ৪, ৪৪ ইং

( ৬ )

## নিদ্রা

হে পোখাবা নাইদ্রবী ইমা !
সংসারগী মনুংদা
নঙ্গুম্না থবক চিনবী
লৈরমগদ্রা কনাগুম্বী ?

লমজিংবীতুনা নহাকনা
চংলমই থম্মোয় লৈকোল্দা ;
নিংথিরবী থম্মোয় লৈরাংদা ;
তম্বীতুনা ইমা নঙনা ।

লাঙলবা সংসারদা
য়াহৈ কয়া হায়রভমদবা ;
হায়রমই হরাওনা—

লৌনম চাওবী লৈরাং

“কনাগুম্বী চেক্লা অমা
থাজখি পাও অমা
তাজরে য়ৌদ্রে হায়বা
খঙ্‌জরে তাবিরে হায়বা
অত্তুবু নুংশি নপাওখোল নিংথিবী
ফংজদ্রি হৌজিক ফাওবা।”
মিরবা খোঙ্গেলনা
লূরবা তানফমদা
খুল্লকই তপ্পা তপ্পা
“করিম্নু পিবীদেদা।”
অসি ব্রাবূ তাবদা
ব্রাবনা থল্লে থম্মোয়দা;
অমগী নমথাক উবদা
শাওনিংবনা থল্লে পূক্নীংদা।
হে ইমা!
নঙ্গী মায়াসে ঙকখ্রেদা।
প্রনয়গী মৈনা চাক্লবা থম্মোয়দা
তম্বীবরা 'সিগুম্বা অঙকপা
উহনবরা দৃশ্য 'সিগুম্বা?

## লৌনম চাওবী লৈরাং

মতম অমদা ইমা নঙ্না
পুবী স্বর্গ তন্না
লৈগী দোলাই তোংদুনা
চৎলমই হরাওনা ;

সোরারেনগী অমরাপুরদা
শান্তি দেৱীগী লৈকোন্দা
পিথকই মন্দাকীনীগী লাইজ
য়েংহল্লি মক্ত্রবা থাজ
তম্বী শান্তি রস লুরবা
পেলহল্লি পুক্নীং হকচাংপূম্বা ।

মাঙখ্রবা থম্মোয়গী লৈরাংশিংনা
লমদমদুদা শিংথিরবা
কৌশিল্লমই তরাম তরামনা
কোকহল্লমই কায়নবগী অন্নাবা !

খঙদুনা স্বর্গগী হুঙাইবা
তুজুংহল্লি হরাওবনা ;
হে ইমা নিদ্রা ! দৃশ্যসে'সিগুম্বা
ঐগী পুনসিদা, পিনবীয়ু তত্তনা ।

লৌনম চাওবী লৈরাং

অচুগা, নোংমনা ইমা নংনা
পুবী মখা পাংনা ;
যমরাজগী লৈবাক্তা থাপ্লবা
য়েংহল্লি দৃশ্যশিংদো কিরবা ।

অকপ্পা মীরাওখোল তাবদা,
কিরবা দৃশ্যশিং উবদা,
থম্মোয়.. কায়গদৌই ব্লাবনা
তুচুংবা পোকই কিবনা ।

হে ইমা থৌজাল হৈবী
য়েংহনবীগন্নু নচাদা
দৃশ্যসে 'সিগুম্বা
থম্মোয়ু থাপ্ল'ফমদা ।

থাবল ফরবী অহিংদা
মুংশিবনা চাকহল্ল'তমসিদা
পায়চুনা গুম্ফংনবা তেন'মা
কোইচৎ চৎলিবা হে ইমা !

থম্মোয়দুবু চাক্লবা
থাচুনা গুম্ফংনবা তেন্দুনা
থৌরাঙলিবরা ঈংহনগে হায়না
হোৎনরিবরা পোথাহনগে হায়না ?

কায়না মৈথু লাংলবা
থোইনা হেন্না চাক্লবা
থম্মোয়শিংদো চাক্লবা
থোৌরাংবরা ঈংহন্নবা ?

ননাও শান্তি লোয়ননা
হে ইমা নিদ্রা !
ওইবীয়ু মরুপ থম্মোয়গী
থাহুনা মায়া তেন্না নঙ্গী
ব্লান্থরবা থম্মোয়গী মবেন্মদা
তম্বীরু নচাগী অন্নাবা
ঐগী থম্মোয়দা ব্লারবা
তম্বীয়ু শান্তি রস মিংথিবা ।

---

ইম্ফাল
তাং ১৮ । ৫ । ৪৪ । ইং

---

( ৭ )

## "লাইবক থিবী" মুজা"

লাইবক থীবী মুজা ঐদি
লোইরেনে ঙসি মুমিত্তা
মাগীদমক্তা হায়দুনা
লাকচৈ সংসার অসিদা
( অতুব ) য়েংবীদেমে হন্নমক্তা।

হে ইমা গঙ্গা !
নঙ্গী ঈংগ নতম্বাক্তা
ঐগী থম্মোয়সে চান্নবা
ঈংজরগেনে ইমাও !
ঐগী মৈচাকসে শারবা
মুৎচগেনে নতম্বাক্তা
লৌশিন্নবীয়নে ইমাও
তাকপীরো শান্তি মুঙাইবা।

লাইবক থিদা মুপী ওইবা
অবলা পাঙ্গল শোনবনা
বল্লধা মাগী 'হেক্ত্‌পাংবা
ভমদ্রেকো হন্দক মপোক্তা।

পূকচেল খায়দকো শকহেনবা !
প্রেনয়গী শরুক থরুদং
নঙ্‌গী থম্মোয়দা লৈত্র:বাই
থৌজালগী থম্মোয় নত্রবোই।

ওসি মুজাগী অরোয়বা মুমিত্তা
শবকমদো থম্মোয়দা লাচ্চবা
লমদম তাম্না লৈখিবনা
ইররোইবো পাপচেল্লবী মিংসিনা।

হে ইমা থৌজাল হৈরবী
নচাগী দেহ' পাপচেনবী
লংথোকপীন্নু অরেম্বদা
চেংনা কোনম্লিংবীয়ু 'থাদা

লৈনম চাওবী লৈরাং

হয়েং অমুকী মপোক্তা
পোক্‌না মুপাগী মপোক্তা
শিংজগে লন্মন তমথিবা
খঙ্‌হন্নগে কয়া রাবা।

কোকিলদা—

খোংলোনে কোকিল 'খো পোঙ্‌না
মুজাগী 'রাবা থাজ্না
লায়ররবী মুজা ঐনা
মুংশিবা থম্মোয় নত্তনা
পিজনিঙাই লৈজদেনে।
নিংথৌ' মচা ওইজনমু
লায়রকগী মরমনা
পুক্নীং' তৌবিমল নত্তনা
হাপনিঙাই লৈজদেকো শকহেনবী।
গঙ্গাগী গর্ভমুংজুদা
মুংশি মতুং লাংগী মক্তা
প্যাম্ববা মাগী দমক্তা
আত্মা বিসর্জন তৌরেঈনা
তন্বীরুকো ইতাশকপী।

মালিকা পাখীদা—

(ওসি.) মুক্তাগী অরোইবা মুমিত্তা
ফুগায়না শাৎলবী মালিকা।
ইমা গঙ্গাগী মথোমলোই,
নহাক্কী নকম অসিদা
মুক্তাগী পাওসি অরোয়বা
হায়জরমগেনে ইতারোই।
পাওদখীয়ুনে মতোন্দা
ইমাগী নাক্তা লাকপদা—
"ঐগী ইতা লাইবক থীবী
লাইবক চাওবী রাজবী
নঙংলাংগীদমক যুক্কাম !
খমোয় আসনবা, লাক্কবা
প্রতিমাবু নিংথিজবা -
কোনশিন্নহনা চেন্না
মাগী চাক্কবা খমোল্লো,
মুৎনবা গঙ্গা লাইরবা
নিংথিবী চাইবীগী
নিবুক্কনগী মুক্কবা

## লৌনম চাওনী লৈরাং

থম্মোয় য়াওদ্রবা অমগী
ধ্যান তৌনবগীদমক্তা
লাঙ্লবা সংসারদগী—
মতম কুইনা বিদায় লৌদুনা
ত্রিভুবনবু লানবীরিবী ইবেম্মা
পোথাজগ্রে মহাকী মতম্মাক্তা ।
নহাক্না থম্মোয় য়াওদ্রবা
য়াদদুনা সংসারদা লৈবা
চংপা তারবদি শান্তি'নাক্তা
ঙাইজরমগে কপ্পা কপ্পা
উনসিনে থম্মোয় ঈংনা ।"
লায়রবী নুজা ঐনা
থম্মোয়' তৌবিমল নত্তনা
( অমদি ) অরোয়বা মিকুপ অসিদা
মিংকুপ লাইজ অসিতনা
নখোঙ্ শেংজবা নত্তনা
নঙ্গী তৌবিমলগীদমক
অত্তে লৈজদে নুজাগী
ৱারৌগন্ ইতাশকপী

শাবী শানৌশিংগী থ্যান তৌনকম্
থম্মোয় থম্মোয় চিংশিন্নকম্
প্রনয় কৌবা ! হে স্মৃতিচিহ্ন তমথিরবা
মাঙ্খেনে ঐগী থম্মোয়দগী মতম কুইনা
ব্রহ্মচারীনী ওইদুনা
থম্মোয় য়াওদবা শকহেনবগী রারী
শন্দোকলুপেনে পৃথিবী শিহুংনা । —
অরেম্বনি পুন্নমকসি
পুনসিগী রায় 'হিংসিদা
মুঙাইবগী অঙনবনা
ঙালহল্লরোই ঐগী থম্মোয়
অনৌবা আশা ময়োলনা
মুঙাইহল্লরোই ঐহ থন্নায় ।
হে জগদিশ্বর থৌজাল হৈরবা ।
অন্ধ বীশ্বাসনা কুপ্পবা
নংলবী জুপীমচাংমদা ·'
তৌগদবা থবক পাঙ্নং হোৎনবদা
পীনবীয় অমাঙ্ অতা লৈত্র' থৌনা
থলহনবীয়্ মাঙ্ত্রবা শক্তিনা ।

নঙোন্দগীনি থোরকপা
অমুক হন্না হল্লিঙ্গবা
কোনসিনবীম্বু চেংনা চেংনা
কৌসিনবীম্বু তরাম তরাম্না ।

হে ইমা পুকচেল চাওরবী
সগর বংস লানবীখিবী
ত্রিভুবনবু কনবিরিবী
হিমালয়গী মচানুপী
মানসিনা য়োকচবী
আমৃত লাইজ খিকলিবী
হে মন্দাকীনি সুরেশ্বরী
নুজাগী আশ্বাসে লাইবক থিরবী
শিন্নবীম্বু শান্তি দেবীদা ।”

*   *   *

য়োঁধে অচিকপা নিকুঞ্জবনদা
হুংশিরবী মচা ফংজরদ্রুনা
কোনশিঙ্গগে হায়দুনা চেংনা
ঈহৌরকলে গঙ্গা দেবীনা ।

ইম্ফাল তাং ১৬ । ৬ । ৪৪ । ইং

( ৮ )

## "বসন্তগী লৈরাং 'মা"

খঙ্মোয়গী লৈকোল অসিদা
বসন্ত ঋতু লাকপদা
লৈরাং অমা ফজরবা
হুল্লমই য়েন্নিং অনৌবা ।

লৌনম চাওবী আশানা
লৈরাং শাৎকনি হায়না
শিঙেল পোমগনি হায়না
খলহল্লমই তত্তনা ।

ফজনা হুঞ্জরক্লবা
নিংথিবা য়েন্নিং উন্দা
মহৈ য়্যানগনি ফজবা
নিঙ্হল্লমইনে পুক্লীংদা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

নিঙ্ভরুবনা অমনি
থোকখিবনা ওন্নবনি
থম্মোয় লাইয়ুমসি কান্নবা
অনৌবা য়েন্নিং হুনবনি ।

অকনবা মুংশিংনা য়েরুবদা
কেনখরে লৈরাংদো পোম্লৌন্তদা
খান্নবা মালয়ানা হুমজুনা
পুখরে অতোপ্পা লৈকোন'মদা ;

লৈকোনগী য়ায়দা লেপলিবা
চরৈ ফিগাও য়াজহৌবা
খোইমু'মনা লাইবক ফবা
ওক্তুনা লৈরাং মহাকপু
থেংদ্রে ওয়থংবা নাপ্পদা ।

ঙরুবা মায়াগী পাঙ্গলনা
অপোম্বা লৈরাংদো খুইরবা
শিদহিদাক ফংলবগুমনা
ন্নাকচিংগী অয়ুক্তা ঈংলবা
তেকথংলে ইনৌ নৌনা
শাংকাইরে ইঙান ঙান্না ।

উবদা দৃশ্য 'সিগুম্বা
লৈনম তাবদা ঙাওরম্বা
খোইমু কয়া' লাইবক থি'বা
ওইরে থম্মোয় খোইশাওনবা ।

ইকাইবনা মুৎশিল্লবা
মাইথোংশিংদো মকৃশিল্লবা
পাক চাওরবা সংসার'সিদা
উংলূ'দগে মফম কৈদা ?

ঐগুম্না লাইবক থিরবা
খোইমু কয়াগী ব্রারবা
( য়েংলুবদা ) হৃদয় কুঞ্জশিং হাঙ্লবা
খঙ্হৌদেনে পি তাখিবা ।

নিনিগী'মক শাওশিন্নবা
ঙমদোইদবদা তাং তৌবা
স্নেহ প্রেম্না কনখিবনা
হাম্নগী মফম'হঞ্জিনবা
নোকনীংবা' 'শকনি য়েংবদা
( মীওইবগী ) হৌনশানি 'তমপূম্বদা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

কনাগুম্বা'মগী নংথরকপগী দৃশ্য
মী'মগী শিরমদাইগী দৃশ্য
থম্মোয় কাইগদৌই শল্লুবদা।
ন্নারম্বদগী নুঙাইরকপগী দৃশ্যদি
থম্মোয় পেন্নবগী মশকনি;
(অতুগা) নুঙাইরম্বদগী ন্নারকপগী দৃশ্যদি
থম্মোয় কায়নবগী মশকনি।

মায়া মরিচিকা ভান্নবদা
চোকথরবা থরায়শিংদো ইকাইরবা
থম্বীগ্রো থাপ্লবা লমদা
মাবু অমুক উদনবা।

মাগী মশক উবদা
ইকাইবা নুংশিবা অশাওবনা থল্লবা
ঐগী থম্মোয়সে ন্নারবা
ফংগদগেনে করম্বা মতমদা
লূরবা শান্তি লাইজদো!।

## লৌনম চাওবী নৈরাং

খঙ্লে মরুপ !

অহৌবা নুভাইবা

অরোইবা অৱাবা

তম্বীরম্লমাক্তে নহাক্না

কাওদনবা মতম কুইনা ।

---

ইম্ফাল,

তাং ২৫।৭।৪৮।ইং

---

( ৯ )

# 'কনানো নঙ্‌বু শকহেনবী"

অথাপ্পা চীংগোন অঙ্‌দা
থম্মোয়গী মন্দির হাংনবা
( সনাগী ) শোজৈ পায়দুনা লেপ্লীবী
কনানো নঙ্‌বু শকহেনবী ?

নহাকী নশক উবদা
কনামক্তা তাক্তনা
হাংদোকচরে মথম্লতা
থম্মোয় মন্দিরগী থোংজাওসে ।

মুংশিবীগী নাপ্লদগী
পাম্মুবী নঙ্‌গী খুদোলদো
প্রেনয়গী মুংশি মালংদো
ভাইজরিনে খৌরাংনা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

মীওইকৈই লাইবক থিবনা
কোংদোক্লনা অরাবদি
খঙ্‌বিদবগুম কনানা
লাইবক থিরবা ঐহাকী
হায়দোক্লনা নুংশিবদি
খঙ্‌দ্রবরনে শকহেনবী ?

( অচুবু ) তুমিন্না লৈবন্দুতনা
রাদবা নত্তে থম্মোয়দা
মরোল থোক্কবা নুংশিবা
ঙম্বনিনে থরায় থাবা ।

মিংচিগী লাংদা থুদুনা
থম্মোয় থম্মোয় পুনশিন্নবা
প্রেনম্ম কৌবা লংলাদুনা
পুনসিনরে থম্মোয় রারবা ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

মরোলবু লোনবা পিশুন্না
ৱাখলবু লমজিংবীদুনা
ৱাখলগী লোঙ্‌ল' ঈরোঙ্‌গী
লুরবা ইরেল কয়াদা
কনানসু খঙ্‌বিদনা
ঈরাক্লরেনে তত্তুনা।

ইকায়বগী তমখির' য়ুখলনা
খনখিবনা চংকদৌ' লম্বীদা
ওমদরেনে থৌনা ফবা
ঐগী তৌগদৌ' ইথৌদা;
চিংশিনবীরেনে নমত্তুনা
চিংনবৈই মল্ল' কাচিন্দা।

ইকায়বনা নমহত্তুনা
ফোংদোকচবা ওমজদবা
উবদা ঐগী পাঙ্‌দবা
ঐগী পুক্লীংগী খোয়শাওবা
ওমদে ৱাহৈনা ফোংদোকপা
ওমদে চিনসিনা শীংথাবা।

## লৌন্দম চাওবী লৈরাং

লমদম তাম্না লৈখিবনা
লোইবী চীংনা খনখিবনা
উরগতা পেঞ্জরবী
নঙ্গী মায়থোঙ্দো নিংথিবী
ফংজদরেনে উজবা ।

থম্মোয়গী মন্দির 'মুংশিদা
নঙ্গী প্রতিমা লাৎপনা
ঐগী পুনসিগী থৌদাংদা
ওইহল্লি অচৌ' শরুক'মা ।

লৌন্দম চাওরবী আশানা
ওইররোইদবা রাখলগী
ভাবনা দলানবু শাবদা
থোক্লককদৌ' অরা' খন্দনা
পূনসিগী আশা মাঙহল্লি
অঙাওবা পান্দম ওইহল্লি ।

সংসারগী মনুংসিদা
অসিগুম্বা মফমসিদা
ইকায়বা । নঙ লৈরমদ্রবা

## লৌনম চাওবী লৈরাং

চিংল্লবা ! নঙ্স্থ পোক্লমল্লবা
ঐগী কয়াদা মুঙাইরমগদবা ;
পৃথিবীদা লৈনা লৈনা ;
ফংলমগনি স্বর্গেহ' মুঙাইবা ।

পুন্নমকসি অৱেম্বনি
ইবুঙো !
"মীওইবগী পুনসি অসে
চিকমাঙ্নরবা তাইবংনি
পুনসিগী মুঙাইবা অসে
ৱারক্তা ঙানবা তন্দন্নি ।"

পুন্নমকসি কাওরদুনা
লৌনম চাওরবী আশানা
শেরান্নরবা ৱাখন্দা
ঐই' থম্মোয় চিংশিল্লবদা
তাকপীয়ু লম্বী অচুম্বা
চিংশিনবীয়ু তৌদো' ইথোদা ।

## লৌনম চাওবী নৈরাং

( অচুমওইনবক ) অথাপ্পা চীঙ্গোন অচুদা
থম্মোয়গী মন্দির হাংনবা
( সনাগী ) শোজে পাঈহ্নুনা লেপ্লীবী
কনানো নঙ্‌ব্ শকহেনবী ?

---

ইম্ফাল,
তাং ৪ । ৪ । ৪৫ । ইং

---

(১০)

# "খোইমু অমগুং অপোম্বা লৈ"

অপোম্বালৈ—

অপোম্বদি লৈরাংশিংবু
হেক্কে হায়না খনবরনে ?
নৌজরিবী লৈরাংনিনে
খোইমু শাগল তেক্কনিনে ।
লৈহি য়াওদ্রিবী লৈরাংনি
খোইমু নীংবা কায়গনি ।
পোমশাৎন' লৈরাং য়েংতুনা
শাংকায়র' শীঙেল তমতুনা
খোইরাবা ! নিংবা থুংনবা
খোইমু শামায় লৈয়ুবা ! ।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

খোইগু—

থম্মোয় লাইয়ুমদা শাংহনবা !
অনৌবা লৈরাং পামজেনে,
অনৌ লৈরাং পামজবনা
ঐগী পুনসি' আশানি।
লৈরাং লৈকা কল্ড্রিঙৈ
প্রনয় তিম্না চিকত্রিঙৈ
শীঙেল লৈহি য়াওদ্রিঙৈ
লৈরাং চার ফুক্কন্না
থাজগে থম্মোয় লৈকোন্দা।
শীঙেল নঙ্বু হেক্কন্না
চিঞ্জগে থরায় নাপ্পদা।
মাঙ্জোননা হেকহৌবনা
ওইররোইদো কন্নাগী
ঐগীনি হায়না থোল্লনি
পূনসি চুপ্পা ঙাল্লনি।

অ:পাম্বা লৈ--

হায়বীগনু লোয়ুম্বা
খোইমু হায়বা জাত্ অসি

## লৌনম চাওবী লৈরাং

থম্মোয় য়াওনা মুবনি ;
হেকপীরা' পোমলিঙৌদা
চিনবিরগা নাপ্পদা
লৈরাং লৈমন চল্লক্লগা
শিঙেল লৈহি য়াওরক্লগা
লৈরাং মাবু হুন্দোক্লনা
অনৌবা লৈরাং য়েংহুনা
লৈরাং লৈহি চূপ্পীংহুনা
খোইমু শাগপ তোয়রকপা
খ্বাংজেংবা শামায় লৈরকপা
লৈরাং মিৎচি' য়েংজনিংদে
শীঙেল নাপ্পা তাজনিংদে ।
অপোম্বা লৈরাং
হেক্কে খনবরা

খোইমু—

ওক্কবা থরনা তৌরগা
পুন্নমক তৌগনি খনবরা ?
শাংকাইরবী শীঙেলদি
পোমশাংনবী লৈরাংদি

খোইমু মশিঙ্ য়াম্বনা
লৈরাং মমিৎ লোঙ্বনা ;
থৌনা ফত্ত' খোইমুদি
মরোল থোক্ত' খোইরাদি
মিংয়েং কারন লানখিদুনা
লৈরাং লৈমাই লৈখিবনা
' ওইহল্লি থম্মোয় কায়নবা
হাঙ্হল্লি থরায় নিকুঞ্জবন ।
নীংজবদো ফংদ্রিঙৈদা
লৈরাং লৌনম উরুবা
থম্মোয় লৈকোন হাঙ্লবদা
শুমজদেনে থরায় পুবা ।
আশা' লৈরাং মাঙ্খ্রবদা
পুক্লীং' শিঙেল' লোংখ্রবদা
লৈরাং চলাক য়েংলুবদা
মৈবু চাকইনে থম্মোয়দা ।
( অহুবু ) তেল্লবা পুনসিসিদা
কুইদ্রবা মুঙাইবসিদা
পুক্লীং লৈকোন ময়ায়দা

বসন্ত হৌরকপদা
( থাখিবা ) লৈরাংশিংদো চেকশিন্না
মতমগী ৱার' মৈশানা
( য়ৈহুনা ) পোন্নকপদা ৱায়রিবৈদো
পুক্নীং' আশা থুংদ্রিবৈদো
কংগ্লনিদো অরেম্বদা ।
পুক্নীং হকচাং লোয়নদা
পূনসি ঈচেল তুংইন্না
মতম কুইনগীদমক্তা
খংহৌরব্রোই কনা'মতা ।
অদুগা— পুক্নীং লৈকোন্দা শাংহনবদি
অনৌবা লৈরাং পামজেনে
অনৌবা লৈরাং পামজবা
ঐগী পূনসিগী আশানি ।

---

ইম্ফাল তাং ১২ । ৮ । ৪৪ । ইং

---

( ১১ )

## "চেকশিন্দবী মৈতৈ সাহিত্য"

চংথরেনে পুন্নমক্তি
ভারত' বীশ্ববিদ্যালয়দা
থৌজাল হৈরবী ইমানা
থৌজাল লাইজ খিকপীতুনা
থুংনখ্রে নীংজবা ওয়া।
ঐগী চেকশিন্দ' উত্তুনা
ৱারক চেংলবী ইমানা
মচাবু ৱারক্কে হায়তুনা;
পীবীদ্রেনে থৌজাল লাইজ
খাওহল্লেনে কপ্পা কপ্পা।
ৱারক চেংপী ইমা'বেশ্বা
খওবিদ্রা নচাগী 'ৱাবা
ইল্লগে ইমানা হায়বা
তৌররোইনে চেকশিন্দবা
য়েংবীরো থৌজাল মিৎয়েংনা;

লৌনম চাওবী লৈরাং

খিকপীরো চানবীবা লাইজ
চাওথোক্লনা কাঙ্‌বুদো
লৌনম চাওবা মীশিংদো
অমুক্কং মায়থিবা পিড়না
খঙ্‌হল্লগে নচাগী থৌনা।
ল্লারক চেৎপী ইমা
পঙ্‌লবা নচানা
ইমাগী'ফমদা ওইনজবা
হাকমল্লি হায়না খনবনা
থৌজাল লাইজ খিকপীদবা,
অমদি' লায়ররবা নচানা
মতোল লোমদবনা ইমাগী সেবা
পুনসিগী লূরবা ইরেন্দা
নীংবা কায়বনা লমজিঙ্‌হনা
ঈরাক্লরে নীংঙমদবা লোক্লংদা।
হে ভারতকী বিশ্ববীদ্যালয়!
পুকচেল চাওবী নহাক্না
লায়ররবা নপারীদা
নংজরবী নমোমদা
করিগী থৌজাল উৎত্রিবা।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

ঐগী চেকশিন্দ'বা উন্দুনা
পুকচেল চাওবী নহাক্না
লায়ররবী ঐঙোন্দা
চানবীদ্রবরা নচাদা
খাঙ্ননবা কপ্পা কপ্পা।

অদুবু নহাক্কি পুকচেল চাওবী
চেকশিন্দবা নচাদদি ইনাকখুনবী
য়েংবী চানবীবগী মিৎয়েংনা
অদুগা নচাশিংবুদি লায়ররবী
খন্দ্রবরা নচানি হায়না ?—

ওন্নবা ঋাখলনা চিংদুনা
হে চেকশিন্দবা লৌনম চাওরবা
নহাক্না তমথিরবা
মতম কুইনগীদমক্তা
তাহল্লে নীংবকায়বগী লোক্লুংদা—

হে লৌনম চাওবা হন্নুবা
পোত্থাবা নাইদনা চংশিন্বা
ঐন্দা নঙ্বু খীরাম্নরমদ্রবদি
তমথিরবা মাল্যমা মিঙ্বকায়বগী

## লৌনম চাওবী লৈরাং

লৈতেংলমলোইদবনি ঐগী থম্মোয়দা
( অদুবু ) লৌনম চাওবা নঙোন্দা
মিকুপ খরদং মীরায়রুবদগী
মমলবা লোকখাদা নিঙ্‌কায়বগী
তারেদো মতম কুইনগী মক্তা
লৈবা তারে পূনসি চূপ্পা ॥

ত্রিভুবনবু ঙালহল্লিবী
মুরবা থম্মোয়বু লংহন্নবী
হে রারক চেৎপী ইমা
থৌজাল লাইজ খিকপিগদবা
রাংলিবগে মতম কয়া
থাঙ্‌খিগদগে কয়া কুইনা ?
নচাগী চাক্লবা থম্মোখদা
মোমোন নোকপা মাইথোংনা
করম্বা হরাওবা মতমদা
চাইবিগদগে ঈংলবা চন্দন ?
মীওইবগী মুঙাইবা
নত্তনা নিংবা থুংবা
ওইরোই অতৈমা ;

## লৌনম চাওবী লৈরাং

নীংবা কায়রবদা
মীওইবগী মুঙাইবা
চৎথ্রবনি থাপ্পা ।
সংসারগী মঙ্গুংদা
লৈরমদ্রবদি নীংবকায়বা নহাক ।
মীওইবগী পুনসিসি
ওইরমগনি স্বর্গগী লৈকোল ।
অরোইবা পুনসিগী মিকুপ্তা
ঐগী পোলোইদা
লৌনম চাওর' চেকশিন্দবা নঙ্না
শিন্নবীরমলে নীংবকায়বগী লাইবেম্বীদা ।
চংখরেনে পুন্নমক
ভারত বিশ্ব বিদ্যালয়দা
থৌজাল হৈবী ইমানা
থৌজাল লাইজ খিকপীত্নুনা
থুংনথ্রে নীংবা ঙম্না ।

ইম্ফাল, তাং ৯ । ৯ । ৪৫ । ইং

( ১২ )

## "নুংশি তর্পন"

অথাপ্পা নমদম'সিদা লাক্কুনা
ভাগীরথীগী লাইজদা কূমহুনা
লাইজ খুজোক থন্না
কৎচরি থরায় য়াওনা।

থঙ্গোয়গী নুংশি থোইরবী
কুমথরকউ দেবী স্বর্গদগী,
লৌবিয়ু খুথেংননা
পিজবা তর্পনসে পাওদবনা।

লৈতনা অরৈ শাহুনা
পিজনিংবনা হাকমন্দুনা
প্রেমাঞ্জলী কংচবা
লৌবিয়ু খুৎথেংননা।

## লৌনম চাওবী লৈরাং

তীর্থগী ঈচেল্দা লুরবা
কুমথজদুনা খ্বাং ফাওবা
পিজরি লাইজ খুজোক থল্না
লৌবিয়ু খুখেংননা ।
কাওবা ওন্নরাইদবা মায়থোংনা
খোমলেন মঙ্লান চান্দা
হরাও মোমোন নোঙ্কুনা
পোৎমতং ফংবদা
চামিন্নবগুম হরাওনা ;
অমদি সংসারদা লৈবিদা
মোমোন নোকপা মীনোক্না
পেলহন্দুনা থম্মোয়দা
পাম্মু খুদোল লৌগুম্না ;
থাপ্লবা মীরৈবাক্তা
ভাগীরথীগী লাইজনা
মুংশি তর্পন তৌজবা
লৌবিয়ু খুখেংননা ।
অন্নাংবা নোংথক্তা
অমঙ্বা লৈচীল'লক্তা
উরে মশেং মরাংনা ;
দেবী ! লৈগী দলাই তোংদুনা

কূমথরক্লবরা স্বর্গদগী
লোগে হায়দুনা "পাঙ্দ্রবগী" ।
কূমথরকউ দেবী—
ভাইজরি চরৈ ফিগাওশানা
কৌজরি খুলাম তোয়না ।
উনা পূংলবা লতাকুঞ্জদা
কোকিলগী ঈংলবা খোম্থাংনা
খোংগুম্না কুহু হায়না ;
থেঙ্লবা অহিংদা খোংলকপা
বাশিগী মিরবা খোঞ্জেলগুম্না
অথাপ্পা চীংগোন্দগী খোংলকপা
তাম্নাগী নৌরবা খোম্থাংগুম্না ;
তারে শোম্থাংননা
মিরবা খোঞ্জেলনা হায়গুম্না
"পাম্মুবা ঐ লাকনে" হায়না ।
লাও লাও নিংথিবী
চাক্লবা থম্মোয়সে ঐহাকী
নঙ্গী মিরবা খোঞ্জেলনা
"পাম্মুবা" হায়না কৌহুনা
ঈংহল্লোনে অমুক্তদি
পেঙ্গ্লগেনে থল্লায়সি ।

থম্মোয়দা লাংচবা প্রতিমাগা
স্বর্গদগী কুমথরকপা নহাক্কা
তিন্নগ্রমাল্লে অমত্তা ওইনা ;
উভ নিংব া হাকমন্দুনা
তয়াং তশোইবা এাথলনা
থল্লরেনে থম্মোয়দা তত্তনা ।
লোৎগ্রবস্থু সংসারগী মিত্তগী
মাঙ্গ্রবস্থু মতম কুইনগী
নহাক অসে নিংথিরবী
লোয়নবীনি ঐগী পুনসিগী ।
কৎচবা প্রেমাঞ্জলী
লৎনবীগনু দেবী
পিজবনি থরায় য়াওনা
লৌবিয়ু খুশ্খেংননা ।
লম্বী থঙ্ত্রিবা ঐহাক্কী
অমুক্তস্থু চৎত্রিবনী
চানবীরবদি নহাকনা
অরোইবা পুনসিগী মিকুপ্তা
লাকপীয়ু.কা ইনাক্তা
শান্তিগী ঈংলবা লম্বীদা
চংমিন্নসিকো পুন্না— ॥

ইম্ফাল, তাং ২৫ । ৮ । ৪৪ । ইং

* ১৯৪৪ গী নবেম্বর থাগী অপোকপী পত্রিকাদা ফোংখিবা ।

# ( ১৩ )

## "মতম"

তম্না চৎলিবা হন্নবা
কল্লিদকো নখো'সে নংগী
পোত্থাবা নাইদনা চত্নুনা
করম্বা লমদমদা চৎলিবা
চৎপত্না নশিন ওইহনা
করম্বা অনিংবা তাল্লিবা ।

নহাক্কী খোংচৎপু কল্লবা
সংসার সম্রাজগী পাল্লবা
করম্বা অকনবা নিংথৌনা
মথৌনা ফরবা কনানা
মিকুপমতংতবু পলহনবা
ঙমখিবগে মফম কদায়দা ।
হে খোঙচৎ কল্লবা মুপাও
ঙাইহাক্তবু লেপ্পহনা
নৌনা. মথুরোইবা কায়নবী

## লোনম চাওবী লৈরাং

ইকাইবনা কপ্পা গুমদ্রবী
লকান্নুং'দি ব্রামৈ চাক্লবী
চিতা উবদা মপুরোই'গী
হায়দোকপা গুমদবনা রারবী
মুপী'সিগী লাইবক থিরবী
মতৌ অসে থম্মোয় কায়রবা
অমুক্তা পেন্না য়েংখোবা !
( নক্রগা ) মিকুপমতংতদি পন্দুনা
নীংথিজরবী মুপীশিংগী
মায়থোং অদো মোমোন নোক্লকপী
হৌরকপনা পিগুমসিদগী
চিনবান্না মপূংবু ফাহনবা
মীগী থম্মোয়বু গুক্কৎনবা
দৃশ্যশিংদো নিংথিজরবা
অমুক্তসু পেন্না য়েংখোবা ।
( নক্রগা ) নমায়ত্তুতদি ওনসিন্দুনা
অচিকপা কোচিন অমমমদা
শাবী শানৌ অনি অনিনা
মুংশিবগী মগুন চাওনবা.

## লৌনম চাওবী নৈরাং

উখিনি তাখিনি খন্দুনা
কোইরু কোইরুদি য়েংলদুনা
নাপচিক্লা ব্রা তান্নরিবা
'সিগুম্বা দৃশ্যদো অরোনবা
অমুক্তা পেন্না য়েংখোগবা।
( নত্রগা ) নঙ্গী মিৎচিতনা য়েংদুনা,
বসন্ত ঋতু হৌরকপদা
হানৌনা নৌনা চোংলবদা
লৈগী লৈকা খুদিঙ্ চঙ্দুনা
খোইমুরাবা খ্বাংজেংবশিংনা
অমুক অঙনবগী মতমদা
মালয়া নুংশিৎনা থৌগনবী
সনাগী নৈরাং খুদিঙমক্কী
আমৃতবু পান্দি তৌরিবা
দৃশ্যশিংদো পুক্নীং হুরবা
অমুক্তম্বু পেন্না য়েংখোবা!
( নত্রগা ) অচৌ অশাংগী দলান্নংদা
হরাওবনা ময়াই কাদুনা
নোকখেদুনা মতম লেপ্লিবা
অমুক্তম্বু পেন্না য়েংখোবা!

( নব্রগা ) লাইরবগী উনাগী খাংপোক্তা
( নচানা ) মপুক লাম্বনা কল্লবদা
লৈত লাইরগী রারি শাবা
অমুক্তস্থ মুন্না তাখোবা !
পুন্নমক অসি উনা উনা
পুন্নমক অসি তানা তানা
ঙাইহাক্তস্থ লেপ্পা লৈতনা
করম্বা মকমদা চৎলিবা ?
লৈত লাইরগী রারী কয়া
মুঙাই য়াইফগী মতৌ কয়া
লাইবুক থিবীগী দুগু কয়া
কনাগী নাকোংদা তম্মুনবা
চৎলিবগেন অশুক থুনা
লাইবক ফরা মতম অমদা
( নংগা ) মতম খর চাক্লজল্লুনা
ঐহাকী পুনসিগী মুঙাইবা
অনৌবা আশাগা লোইন্নুনা,
মুঙাইবগী লৈকোন রৈকোন্দা
পুরক্লুনা কোইচৎ চৎলগা

## লৌনম চাওবী লৈরাং

নংগী নথৌদাং অসিগুম্বা
অঙকপনিনে খল্লুবদা ।
( অদুদগী ) ৱারকপু চেংলবা নহাক্কা
'তোপ্পা ৱাখলনা থল্লক্কুনা
( চোংলকপদা ) ঙাইরিবা আশাগী ময়োলবু
ৱাকচৌংগী উন্না য়ৈহন্দুনা
কংহনখরেদো ইরায় লায়না,
নিংবকাইবগী ঈরেল কয়াদা
ঈরাক্কুহল্লে মতম কুইনা ।
অৱাবা পাওসি পূরক্লুনা
নহাক্কা চংলিবা মফমদা
চংচগেনে ঐস্মু তত্তনা
নহাক্কা লেপ্পা মফমদুদা
ঐস্মু ননাক্তা লেপচদুনা
মাগী নিংথির' খুয়াখাদা
তমজগেনে পাউসি ৱারবা ।
হে লখ্মী চংপা নুপা !
পাউসি তমদ্রিবা ফাওবা
পুবিয়ুনে নহাক্কা লোইননা
ইঞ্জগেনে নতুং কোয়না ।

ইম্ফাল, তাং ৫ । ১০ । ৪৪ । ইং

( ১৪ )

## "মপোক খঙবী চোঙা'মা"

ৱারবা নোংজুখা লোইশ্রে
নুঙাইবা শারদ চংলকলে
অসিগুম্বা মতমসিদা
নোংমগী কোরৌ নুমিত্তা
নুমিদাং'ৱাইরমগী 'তমদা
হৈনৌ পাম্বৈদি অমদা
চোঙা ময়াম তিল্লহুনা
( শোল্লমই ) ঈশ্বরগী কোলোই নিংথিনা ।

কোরৌ হনবৈই মেংল' মঙাম্মা
য়ৈহুনা লংল' উনানা
মালয়া' তান্দা চোংহুনা
শারি জগোই হরাওনা ।
চোকথর' কোরৌ হনবনা
তুংগী আশা থনমহুনা

( চংলক্লীবী ) অহিংগী লাইরেম্বীদা
খুংশিন্নরম্লগা ; পোত্থাগ্রে চীংখোঙ্দা ।
অসিগুমবা মতমদা
চোঙা অমোম অমনা
মতা ময়াম য়েংদুনা
হায়রকই মির খোঞ্জেলনা—
"তারিবরা ইতাশা
ইতা নখোই' নফমদা
ঙসি কোয়ৌ নুমিত্তা
( মতম ) কুইনা নীংজরক্লবা
ঝারীমতং হৌগ্রবা
লিডগেকো ইতাশা—
অয়োন অরান অপুন্বা
ঙাকপায়্নকো নখোইনা ।"
অসি ঝাবু তাবদা
মতা মখোই খিবিক্লা
হায়রকই খোঞ্জেল'মত্তা ওইনা—
"নুংশিথোইরবী ইতারোই
থম্মোয়গীদি মরুপলোই,
তাজনিংবনা পম্মেংলে

ঙাইজবদা খাজরে
লিবীরোনে নিংথিবী
তাজগেনে শকহেনবী—"
মতা মপাউ তাবদা
লাইবক থিবী চোঙানা
কোকিলবু ঙমজ' খোঞ্জেন্না
তান্না মানবী খোন্থাংনা
হারী মানবী খোঞ্জেন্না
হায়জরকই তপ্পা তপ্পা ॥
তারিবরা ইতাশা !
নোংমৈই কোরৌ নুমিত্তা
করিগুম্বা লৈবাক'মদা
লৈবাক্কী যুবরাজ'তুগা
অমত্তা পোকপা থাজনা
মপু মন্ত্রিগা পিরকপা
থৎনবগী থোকখিবা
মায়া শগোল তোংতুনা
চৎথোক্লমই হন্নাওনা ।
নিংথিরবা যুবরাজ

## লৌনম চাওবী লৈরাং

ময়া অশ্ব মথক্তা
কয়াদা নিংথিজরিবা
নাইদরে য়েংবগী পেনবা ;
নিংথিবী যুবতী হৃদয়দা
ঙাম্থোইরে প্রেমগী মন্দিরদা ।
মায়া অশ্ব তোংদুনা
( অরাংবা ) অতিয়াদা চত্তুনা
নিংথৌগী মচা শকহেনবা
পারী ইবুঙো মুংশিবা
লানখরে চীংলোন তরেং
লানখরে সাগর তরেং
( থুংখরে ) দক্ষিনাত্য লৈবাক্তা
য়োঙ্গে মুংশি লমদমদা ।
থিজদুনা কোয়না কোয়না
হংজদুনা য়াম্না রানা
উনজরে নিংজরিবী
ফংজরেনে মুংশিথোইবী ;
দক্ষিনাত্য লৈবাক্তা
নিংথৌগীদি লৈকোন্দা

## লৌনম চাওবী লৈরাং

অমত্তা পোকপী মমোমদোই
লোয়নজুনা মতারোই
সুংথিলগী শার' মতমদা
লৈকোলজুগী পুখ্রিদা
( জলকেলী ) শান্নরিনে হৃবাওনা
মোমোন মোমোন নোক্কুনা ।
নুরবা লাইজ থক্তা
শংবানবা তরং লক্তা
কংফালগী থম্বাল কয়ানা
কোন্নুংগী লৈরাং মখোযনা
শাৎকাইরে মোমোন নোকনা ;
নিংথিরবা শুরনা
মিরবা খোম্থাংজুনা
লৈতেংলেনে নিংথিনা ।
লৈরাং মাবু উবদা
শীজেল মাবু য়েংবদা
খোইমু ফাওনা খ্বাংজেংবা
নমু তাইবং মীনি হায়বা
কাওথিজুনা পুক্নীংনা
থম্বাল ওইরবোই নীংজুনা

## লৌ ম চাওবী লৈরাং

অনৌবা আশা লোয়ননা
পাইশিঞ্জরুবা 'হরাওনা
নিংজ' লৈরাং নৎলমদবনা
হন্দোকঞ্রে ইকাই ইকাইনা
খনঞ্রে ওয়্হোকপনি হায়না।
যুবতীশিংনা শরুকপা ঈশৈগা
কোকিলনা খোংলকপা খোন্থাংগা
হারিনা শোল্লকপা কোলোয়গা
তাম্নাগী মিরবা খোঞ্জেলগা
তিন্নতুনা অমত্তা ওইনা
থুঙলরে যুবরাজ নাকোংদা
লাকলে চুমদ্রিং চুম্না
তম্নরে মুংশি মপাও
লুপহল্লে মুংশি ইরৈদা।
লেপঞ্রে মায়া অশ্বদো
চংশিল্লকলে পুঞ্রি 'পান্দা,
উরুবদা দৃশ্যদো
খঙলুবদা মওংদো
খঙহৌদনা তুচুংখি
হুমাং অনপ্পা কাখি;

মুজা নিংথিবী মহাকম্ন
উবমক্তুদা মহাকপু
পুক্নীং তুজুং হরাওবা
পোকখি থম্মোয়দা মুঙাইবা
প্রনয়গী মরু হুনখিদো
লৈপূনগী খুদম উৎখিদো ।
মুংশিবগী মগুম্না
হোৎনজবা মপাম্না
গুপ্ত পরিনয় তৌতুনা
রাজকুমারীনা লোগু্না
লৈরকলে লোইদাম খর
মুঙাইনা লেপ্লে 'তম খর ।
মুংশি' লমন খুমখিবনা
পাম্মু'না 'নিবা থুংখিবনা
রাজকুমারী শকহেনবী
শীঙেল লক্তগী অথোইবী
গর্ভ ধারন ওইখরে
থাবুম অহুম শুখরে ।
নোংমগী কোরৌ সুমিত্তা

## লোনম চাওবী লৈরাং

চিক্ল নিকুঞ্জবন্দুদা
চিংথোগী মচা শকহেনবী
অমত্তা পোম্বী নিংথিবী
মশাবী মমান মচাদা
মেঙ্গরকই চিংগোই মপাও-
"শাবী ইবুঙো নুংশি'
থংলেন মাঙ্গ পাম্মুবা ;
তোল্লবী ননাই ঐহাক্তি
পুংশিনগী থৌভান্দগী
শগী নুঙাইনা কংস্থুনা
চিঙজবা কন্দুনা
লৈরাং লৈমন চন্দখরে
হৈরাং মমি ভমলকলে
থাবুম অহুম ফারবলে ।
লৈনাক প্রভা মমাঙ্‌দা
যুবতী ওইবী ননাওদা
তৈহনবীরনু কলঙ্ক
কোকপীরোনে অরাবা ;
চংলসি অহিং 'মদা
ইকু নিংথৌ' রাজ্যদা ।"

## লৌনম চাওবী লৈরাং

ৱারম অসি তাবদা
হরাওবনা তুজুংলবা
অমত্তা পোকপা যুবরাজ
হায়জরকই চিঙ্গোই মপাও—
' য়ান্না ফরে ইবেম্মা
দক্ষিনাত্য রাজ তনয়া ।
পাবুংগী রাজ্য থাদোকপা
ইমা ইবেম্মা উদবা
মতম কয়া কুইরকলে
প্রেনয়' ইরৈদা তাওকরে
থম্মোয়গী নুংশি থোইরবী
প্রেম সাম্রাজ্যগী রাজকুমারী !
চৎলসিনে ইবেম্মা ।"
ৱারম অসি হায়দুনা
থেঙ্লবা অহিং'মদা
মায়া অশ্ব মথক্তা
অশংবা সমদ্র 'থক্তা
থাবলগী ইপোম মরক্তা
হোল্লকলে তাংথক নাইদনা ।

যুবরাজ রাজ্য তমহল্লনা ।
শাবী শানৌ অনিমক
নুংশি লৈপূন অনিমক
নাপচিক্লা রারী শাহুনা
হরাও মোমোন নোক্ক্‌না
রাকচিংগী ঈংল' অহিংসিদা
লাল্লকলে চীংগোল তরুক
হুন্দোক্লমলে সাগর তরুক ।
গর্ভাবতী ওইবনা
পাঙ্গল শোল্লবী মহাকনা
রাকচিংগী ঈংল' উল্লক্তা
অঙ্গংবা নুংশিৎ' য়েবদা
নিংথম্বনা নিক্লহুনা
মবুঙো যুবরাজ য়েংহুনা
হায়জরকই নিক্লা নিক্লা
“তারিবরা যুবরাজ
পাঙ্গল শোনবী ওইবনা
নিংথম্বনা শিদৌরে
থরাই পূবা য়ারক্করে ;

থম্মোই, মবুঙো নুংশিবা
নুজা ওইবী ঐঙোন্দা
পীনবীয়ু মৈ খর।"
অসি য়াবু তাবদা
মেঙ্গরকই চিঙ্গোই মপাও—
"রাজকুমার নিংথিবী
থম্মোয়গী নুংশি থোইরবী
জঙ্গোলগী ময়াই অসিদা
মৈ লৈরম'দগে কদাইদা
চীংলোন অমত্তা মঙাইরে
সাগর অমত্তা মরাংলে
খঙলোগবা নুংশিথোইবী।"
অতুবু ওন্থোকপনি
লৈপুন ওইবা অনিমক্কী
অস্থুম থোকউ তমখিবনা
অথাপ্পা চিঙ্গোল অমদা
উরে লাম্মে'মা চাকলিবা।
অঙানবা মৈরি উবদা
লৈরবোই নিংতুনা 'নকপদা

লৌনম চাওবী লৈরাং

হরাওবনা তুজুংলরা
ফংদবোই নিংলবা
যুবরাজল্লুনা শকহেনবা
হায়জরকই তুপ্পা তপ্পা—
"নুংশিথোইরবী শকহেনবী
উরেনে অথাপ্পদা
লাইথে'মা চাকলিবা ;
বট পাম্বী'সিগী মখোঙদা
পোথারমউ নুঙাইনা
মিকুপ'মগী মনুংদা
পুরক্কে মৈ'সি ননাক্তা।"
অসি বাবু হায়তুনা
বট বৃক্ষ মখোঙদা
পাম্বীবু থনমহুনা
মৈঙাল উরিবা মাইক্কৈদা
লাঙ্গোই খুরুপ খোল্লনা
চংখরে থুনা য়াঙনা ;
লানখরে সমুদ্র কয়া
হন্দোক্লমলে চীংলোন কয়া

লৌনমচাওবা মৈদুনা
( মায়া ) মরিচিকা ওইদুনা
পূথোকপ্লে লমদম থাপ্পা ;
মমৈথং দা ফংলদুনা
উজাও'মা মৈথাদুনা
লাঙ্গোই নাক্তা পূন্দুনা
পাইথরকলে চীংদোন্দগী
মুংশি মনাক তমদুনা
ওন্থোকপনি ! বিধি কৌবা লাইদুনা
মুজা মাগী মরায়বক্তা
তমলমদ্রমাল্লে মুঙাইয়ু হায়না ?
মৈগী মৈশা ফংবদা
মায়া অশ্ব নিংথিবা
য়াখিদরে চংলু হায়বা ;
লাঙ্গোই শাগল তেক্কুনা
হাইথরকলে পৃথ্বি তম্না ।
যুবরাজও শকহেনবা
তারে সমক্রু 'মদা ;
চাংজো নাইদ্রবা ঈপাক্তা

## লৌনম চাওবী লৈরাং

তরং হৌরবা লাইজদা
মুংশিবীয়ু উদনা
মাঙ্বা তারবদা য়ানা
তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা
হায়জরকই কপ্পা কপ্পা—
“শাবী ইবেম্মা মুংশিবী
থম্মোয়গী রাজকুমারী
নিংথম্বনা নিকহৌরবী
অয়াবতনা নঙ্গী ওইরবী
য়ারৌগনুকো পাম্মুবী।
য়াকচীংগী ঈংল’ অহিংসিদা
মী লৈত্রবা বন্দুদা
ঐগী মুংশি থোইবীদো
খাঙ্লিগদগে করম্না ?
য়ারৌগনুকো শকহেনবী
লাইবক থিবা মরমনা
পাম্মুবী নঙ্না নিঙ্বা
ওয়্যমদ্রেকো থুংহল্লম্বা
শান্তিগী ঈংল লৈকোন্দা

## লৌনম চাওবী লৈরাং

ঙাইরমগেকো ইতোমজা ;
নুজা নঙ্না কাক্লা
ঐগী নাকা ঙৌরগা
নঙ্গী নমন শিজেকো
অঙাবা ফোংদোকসিল্কো ।
মিচিক মিরাওখোল তাক্লবা
অহিংসিদা থেঙলরা
শুক্লবা জঙ্গোল [illegible]
নুজা নহাক নতোমতা
খাঙলিপদগে করমনা ।
নিংথৌগী মচা ওইহনসু
লৈবাক্কী মরেপ্পা ওইহনসু
ফি অনি শুহৌরবী
নিংথম্বনা নিকহৌরবী
নপারীসু লোইনহরী
থুংশিথোইবী শকহেনবী
খাঙলিপদগে করম্না ?
হে জগদিশ্বর ইবুঙো !
ঐগী থম্মোয়গী মরেপ্পদো

## লৌনম চাওবী লৈরাং

পাখঙগী থরাই মনিদো
ঙাকপীয়ুকো নিংথিনা ;
শান্তি দেবীগী মন্দিরদা.
নঙগী নিংথিবা লৈংকোন্দা
উনহনবীয়ুকো ঐগী থম্মোয়বু ।
অসি রাবু হায়দুনা
হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা
লাইজনুংদুদা পাক্লবা
মাঙখি কনাসু খংহৌদনা
চংখি শান্তি লমদমদা ॥
রারম অসি হায়বগা
মাগী রাবু তল্লগা
প্রাকৃতি কৈবা দেবীনা
অয়ুক অঙনবী লাইরেম্বীনা
মবুঙোগী রসনা ঙাওদুনা
কপ্পগুম হিক্লা হিক্লা
চোঙাদো রারি লিরিবা
থরাই শোকপা খোঞ্জেলনা
থম্মোয় কায়বা খোম্থাংনা
কপ্পকলে হিক্লা হিক্লা ।

ইম্ফাল, ম.

তাং ৫ । ১০ । ৪৪ । ইং

( ১৫ )

## "নিংশিংজবা"

I

অরেপ্পা নাইদ্রবা পুন্সিগী লম্বীদা
ঐসি মতম কুইনগী লম্বী চংপনি,
অরোই অথম নাইদ্রবা লম্বী অসিদা
অশুম চংলকপদা পোৎথবা লৈতনা,
অল্লা অনংগী উনাগী খাংপোক কয়া
মুঙাই য়াইফবগী ফুরা দলান কয়া
হৌরকফম খঙদ্রবা লোইফমন্দ্র নাইদ্রবা
কল্লবা ঈচেলসিনা মতম কৌরবা
( চেম্থিবা ) অকাওবগী মমলগা সমক্রু তম্না
মম্ল' মিংসিনা উরে তশেং তশেংনা ।

II

বল্লবা কুইরবা ঈরৈসিনা তমথিরবা
অকাওবগী মম্লবা সমক্রুদা পাল্লবা
মঙ্গা পুরুষসিংগী মিংচংকী খ্বিপ্পু নত্তনা
থুগাইখরেনে দলানসিংদো লৈঙোইনদা সাবা ।
মতমগী ৱাংলবা চীংদোন্দুদগী ঙম্লবা
হৌব্রবা মতমগী দৃশ্যবাগী য়েংথরকপা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদকো থম্মোইন্নুংসিদা ;
অমাবস্যাগী কুংনা মমলবা অহিংতুদা ।
অথেঙবদা মুৎলি মুৎলি পাইবা তন্দনগুম্না
পাইরিনে হৌব্রবগী স্মৃতি চিহ্ন কয়ানা ॥

III

চাওরবা চীংজাও কয়াগা থৎঙমদ্রবা
কল্লবা শিংথৌ লক্ষাগা থিংঙমদ্রবা
হৌখিদুনস্থু যুগ লক্ষা কয়া কয়া
ঙম্লরোইদবা মিকুপ'মা ফাওবা নিংবা ;
কল্লবা ঈচেলসিনা অহল ওইরবা
যৌবনগী নুঙাইবা কন্না, হৌরকপগী,
পুনসিগী অন্নাবা কয়া লোইরকপগী ;
কনানস্থু থঙদনা কনানস্থু উদনা
চেস্থপ্রে অকাওবগী মম্লবা সমক্রুদা
তিনপ্রে মতমগী পাল্লবা সাম্রাজ্যদা ।

## IV

কল্লবা ঈচেলসিনা ঈহৌরকপা মতম’মদা
তাওথরক্লমই স্নাগী থম্বাল’মা নিংথিবী ;
পুনসিগী মুওাইবা অয়ুক্তা ওইবনা
লোক্কে হায়ত্থনা সনাগী থম্বালসে মুংশিবী
মপাল নাইদ্রবা ঈচেলসিগা লাম্ফেংনত্থনা
লৌখৎচরে শোল্লবা  পাম্বোমসিনা ব্রানা ;
তাওথরিবী লৈরাং নাক্তা য়ৌত্থনা
লৈজ’ আশা পূম্নামক্কা লোইননা
তিংথোকচরে লোক্কে হায়না লৈরাংদো ;—
অত্থবু লাইবক থিবগী মরম্না
লৈরাং লৈনম তাবদা শুমহৎখিত্থনা
চেকশিন্দবা মরম্না, (অমদি) লাইবক থিবন'
অকায়বতা য়েংলিবা ঈচেলসিনা
চেম্থখিত্থনা কুইনগীদমক্তা
নাম্থোকক্রে খুত্তগী মিৎনা কুপ্সদা ;
ঈরাক্লহল্লে নিংবকাইবগী ঈরেল কয়াদা ;
হুম্থবিরমলে নিংওমদবগী কৌশিংলক্তা ;
অত্থগা লৈরাংদো থম্মোয়গী মুংশিথোইরবী

## লৌনম চাওবী লৈরাং

পূন্নুনা ঈচেলসিংনা লৌনম চাওবা
হিদেন্দা লাইবক ফবা কনা'মগী,
পুসিনখ্রে লৈনা লৈনা মাগী নাক্তা,
অদুম্বু লৈরাং মহাকনু নিঙ্‌থিবী
প্মানখিদেনে মপোক্কুমা নুঙাইনা
লেমখি মপূনসি চুপ্পা কপ্পা কপ্পা।

V

(মতুংদা) নঙ্‌গী ঈচেল পিকথরক্লবা'তমদা
নঙ্‌গী মিরবা ঈচেলনা পূন্নুনা
তাওথরক্লমই লৈরাং'মা অশংবা
লৈরাং লৈশক উবদা শুম্মাক্কুনা
চংশিঙ্গরমই লৈরাং মাগী নাক্তা
য়েন্নুনা লৈরাং মহাকী মঙ্গাম্মা
পুমশং শংথিরমই হুকচাং অপূম্বা
প্রনয়গী লৈঙ্গিদু চুপচরন্নুনা
থাগংচরমই কয়মগী তৌবা ভম্বা ;
অদুবু কল্লক চাওরবা নহাকনা
ঐগী নুঙাইবদা কল্লক্লন্নুনা
(মতম কুইনা) শিন্নবিগ্রে যমরাজদা মুন্দুনা
পুনসিগী অরোইবা মিকুপ ফাওবদা

লৌনম চাওবী লৈরাং



শাঙ্‌হনবিরেনে শ্রীব্র কপ্পা কপ্পা ।

*   *   *   *

অনুমা-সাঙ্‌খি মুঙাইবা কয়া কয়াসু
অনুমা হৌখি অন্নাবা কয়া কয়াসু
নিঙ্‌শিংবগী থম্মোয়দা থমহৌই অন্নাবা
কাওদবতনা থম্মোইদা পোকহল্লি নিংশিংবা
অহুবু নহাকী কন্নবা ঈচেলসিনা
অন্নাবা মুঙাইবা চেম্বদি ততনা
কনাদা তাক্কনা কনানসু থঙ্‌দনা
তৌরি, চেল্লিনে অরেপ্পা কৌবা লৈতনা ;

জগদীশ্বর ! পুকচেল চাওরবা জগৎপিতা
মাগী ঈহৌরিকপগী শারবা মতমদা
তাহনবীয়নে কোকিলগী খোঞ্জেল থিংলবা
কাওদনবা নঙ্‌তনি তেংবানবা শেম্বীবা ।

---

ইম্ফাল

তাং ২৯ । ১০ । ৪৪

---

গৌইরবা